# ঐগী পলেম নুংসিবী

মেমচৌবী



এণ্ড খোমদোন পব্লিকেসন্স

অফোঙবা : অরাম্বম সমরেন্দ্র
মৈনো এণ্ড খোমদোন পব্লিকেসন্স
সগোলবন্দ মৈনো লৈরক,
ইম্ফাল ৭৯৫০০১।




নম্ফম : ভাগাবতী কার্য্যালয়, চুরাচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস
সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল।

অহানবা ফোঙবা : মে, ১৯৯৮

মমল লুপা ৩০/—

# য়াওরিবসিং

# তীর্থ যাত্রা

লাক্লো হে অমমবা
লাক্লো হে ঐগী অহিং
ঙসিদি তীর্থ যাত্রানি
নঙগী ঐগী
ঙসি নুমিৎ ভাফমসিদগী
হৌরিবা নঙগী ঐগী খোংচৎ
খোংচৎসিগী পন্থুংদি
অমুক নুমিৎ থোকফমদনি।

# কংলাগী থোঙ হাংঙু

থোঙ হাংঙু থোঙ হাংঙু
থোঙ লোনসিন্দুনা থমগ্রবা
ঐখোয়গী কংলাগী থোঙ হাংঙু
অমুক্ত সোকচগে লৈমায়ত্ত।
ঐবু কনানো হায়বা
ঐদি মমা ওইগদৌরবনি
নাকল্ ফিয়াল্লবীনি
অক্তনা
অমুক্ত সোকচগে লৈমায়ত্ত।
থোঙ হাংঙু থোঙ হাংঙু
থোঙ লোনসিন্দুনা থমগ্রবা
ঐখোয়গী কংলাগী থোঙ হাংঙু।

## অনৌবা

সামতোন অয়াংবা সামতোন অয়াংবা
নসোং লাক্লুনা ফাগে লাও
নেংকে নঙগী অঙাওবা নঙগী
ময়াই কারবা সয়াংথক
য়াওগে নঙনা নৈখায়বদো থুগায়বদো
লৈরোল নোংলোন মরোল মরোল
নমিৎ অনি লংথোক খুমাং অনি হোং।
খপ্প খপ্প
অকনবা নঙগী নসা নরেং
হোৎলু হোৎলু
লাকঙমদ্রবা নঙগী খুনিং খুমাং।
নঙবু লাকথগে ফুজিল্লকলিবা
থক-খা নিকহন্দুনা হুমজিল্লকলিবা
অঙাওবা অকনবা মালংবু সিংনত্নুনা
ফন্দোকহল্লো জুম জুম লাওরবা নমৈ নসোং
য়াইবি হৌরো মমুং হৌরো মহৌ মহৌ কাওথৎলো
অমনববু থুগায়দ্রবদি কৈদগী লাক্কনি অনৌবা।

## মঙ অমা

মফম অসিদা নুমিৎ থোক্কে
অতুনা অকিবা লৈতে
থুংলরগনি হায়বগী অমমবা।
লৈ অমতসু সাংতে
খোই অমতসু পায়রবা লৈতে
কায়নবা উন্নবগী পংথৈ বাংমদা
অসংবগী অসংবা সংলেন ঈথক হোৎন্নে
মীৎয়েংগী পঙথৈ পাথোকলে।
সংবান্নবা অতিয়াদগী সংবান্নবা মচু অমনা
থুংনা সন্দোকখ্রবা মফমসিদা
অপুনবা অথৎপা অথিংবা লৈতনা
চেন-চোংথুনা হরাওনা পেনজনা
সান্নরিবা অসিবু ঐ ঐরনে।

## চীংনুংগী ঈচেল

হে চীংগী ঈচেল মচা
কৈদৌরুনি হৌজিক্তি নওনা
চেন্দুনা চোংহুনা কনা কিদনা
হরাও তথক্না য়ৌজ্ঞরকপদো
পামজবা ঈপাক্তা ঈতিল্লনি থনজ্ঞ।
য়েংঙ্ক্ লৈরে মাঙদা
খোৌরাংলবা লৈঙোয়লম
চেনসিল্লু চেনসিল্লু
করিগী লকক তৌজরুনি
তিনসিনহনখ্রো চুপসিনহনখ্রো
খৌরাংলবা চাকলবা লৈঙোয় লৈরিক খুদিংদা
নওগী লূরবা নৌরবা লাইজ ঈরিক খুদিং
মতুস্ত পুন্সীগী মসক অমনি
করিগী লকক তৌজরুগদগে।

## ইম্ফাল তু নোনে

কোকথক্তা কোকথোংনক্তনা
মাইরেন ফমপ্রেং মপৈ মপৈ
সোইবুম তীন তীন
য়েন্দেম মপুন মপুন
য়োংচাক চরোং চরোং
লফোই লউ লউ
উ মোরোক বোরা বোরা
নোম নোম হায়থরকই
ইম্ফাল মায়কৈ তমলকই
উফুল ব্রং ব্রং মরক্তা
ইম্ফাল তু নোনে বসনা
হনবা নাইদনা চোকথবা নাইদনা।

## নদোম সকউ

খুৎনা সোকত্রিবা উমংনা
কন্না নিংথিজবা
খোঙনা নেৎলপ্রিবা চীংদোন্না
কয়া ফজবা
মীনা খঙবীদবা লোকী ঈসৈ
কয়াদ মুংসিবা
নদোম সকউ নিঙায়দনা
অচিকপা লোকী মুঙ্গায়দা
নদোম ফমচুনা নিঙায়দনা
অহাংবগী লাকঙমত্রবা মালংগুম
সকউ সকউ নদোম সকউ।

## ইখুৎ চামা তিংথোক্নুনা ঐনা

ইখুৎ চামা তিংথোক্নুনা ঐনা
অসুম লৌসিল্লি অসুম লৌসিল্লি
সনা লুপা মিংচৎ সক্তি
লেপ্পা খম্বা পেনবা নাইদনা
হন্না য়েংথোকখিবদা
ভগবান মহাবিরনা মায়কৈ ফিজেৎনা
ইংনা পেন্না নিভায়দনা লেপলম্মী
পানগী মীৎ উইসিন মুংগী মীৎয়েং সানখৈহনা।






## অহোবা সৈরেং

নিংথি তম্পাকী লেং লেং চংলবা চন্দন পাম্বীগী
অনৌবা চোংলকপা অনৌবা ঈনাগী অঙাংবা লমায়দা
ইরগনি ঐনা সৈরেং অমা  সৈরেং অমা নৌনা।
নিংথি খোংময়দা তুমীন্না লোংলিবা ঙা কোরিয়ান
ঙসিদি, লেংগ লেংগ থেংনরসি কাওনরসি হাইনরসি।
ঐগী ঈথেংতনা মচু সংলগনি নিংথিগী ঈচেলসে
ঈথেংলক্লগী হোগৎলক্না ঐগী সৈরেংনা।
নিংথিগী অঙাওবা ঈথকপু নেৎতুনা লাকলগনি
অত্তুনা ঙসি হে নোংপোক্কী পাক্লবা ঈপাক
ঈরেন, কুইরবগী তুংদা নঙগা ঐগা সকথেংনরগনি।
ঐগী সৈরেংনা সামতোন সয়াং নেৎ
কৌক্রু মপিথেলগী মসা মরেংশিংবু
উহুল খোরা নেৎথৎ হবায় থাঙপাক থারম
অদো চীংসাং তেমখায়রম লেপলরবনি ঙসি
নঙগী মল্লবা পেগোদাগী খোঙজিন্দা।
তেংবান্দা লৈরগনু তেংবান রাংমগী থ্যান্দা
লুপলিবা হে অটংবা, হে অপেনবা, হে লেংদবা
হংজগে রাহং অমা নঙগী থ্যান্দা ঐগী থ্যান্না
পাউথুমগীদমক নত্তবা রাহং অমত্তং মুপনতগী
রাহৈগী রাংমদা খোজেলগী রাংমদা
মহুনা ওইরগনি ঐগী অহোবা সৈরেং।

# হাওরৈমা সম্বুবী

থৃমাখোং পূম্নমকস্তু কংগ্রা নারক মোংসাং ওনাগ্রে
নোংমাইঙ্জীংদা পানথোইবীগী লসিং পোল্লাংস্তু ফৌখিদরে
লমফেল পাংতা য়াইঙিং কোম্নগী কোম্নীরৈস্তু সাংখিদরে
থাংজিং চীংগোন্দা লৈরাংবীদ্রে মেলৈ লৈস্না নোংজুমপাল
মদোম কংজরে লোকমুংদা অবাংবা পামেল উকৈথক্তা
লোক্তাক ইসা মাপলস্তু মদোম তাকসিল্লকলে
নাওয়োকপিদ্রে লসিংলৈ মাংগ্রে কপাগ্রেং ঈসৈ ঙুংসিবা।

ঈচেল পিক্লা চেল্লবা খোংজোম তুরেল
থংহৌদনা ঈচেল চামা চামা লোংথোরকলে
মফম থুদিং থুংনা চেম্থরকলেনে খিংঙমদনা
য়েংলু য়েংলু মফম থুদিং মায়কৈ থুদিংদা
ঈভাং পাকক্লনরে ঈমুনা পামখেম্নরে
অসিবা হকচাংতনা খোংদাকম লৈসিল্লকত্রে
মায়কৈ থুদিং অমমবা অকিবনা কুপাগ্রে

মতম ওইরকলে হায়ত্তনা য়েংঙু
হাওরৈমা সম্বুবী ইমা তরেংনা
নমদা সম পো
বাংলবা কল্লবা চীংদোন লাম লান
ঈচেল কল্লবা লোক্লুং সম সম
থুখোম্লকলেনে তোরৈ মতুংইমা অহুইঙুম

ঈঙাং পাকতক্লববা ঈমুনা পামফেম্ববা
খোংজোম তুরেল তোর্বান্দা
কেন্দুনা তারস্থা মসাবীগী লালু চোমায়
লিক্লাং চোয়না তারস্থা মপারীগী লুরেন
মথং মথং লৌখং নমগী সমদা হাপচিল্লরে
মায়থোং লৈদ লুক চেক মোক লাওদনা
বাংলবা সাংলবা চীংজাও মায়োলনা
থংতুনা লৈপ্রবা অবাবা লম্বীদা
অনৌবা নোংথোং খোংচং অমগীদমক থৌরাংঙে
খ্বাংদা খ্বাংচং মচি লাং
কোকতা কোকসেং সেং
নমদা লালুগী সম পোখং
খুংক খুংক খুত্তুম চেংসম্না।

কনাব্ কিগনি ইমানা
সামতোন মসা কক
অমমবা ঈপুংবুংদগী
মালেম লৈসা চিংখং
অঙম অঙান খায়,
লুমাং সম্বুন লৈরগা
পম্বৌ কৌবদা হাওখুম্বী
লুতুং সম্বুন লৈরগা
পান্লেম কৌবদা হাওখুম্বী।

য়েংঙু য়েংঙু

হাওরৈমা সন্মুখী ইমা তুরেংনা

মোং হাদ্রবা তপলবা খোংথাংদা

মরি মরি তুংথ-মাংথ

লোয়রোই লোয়রোই

কাখৎলকলেনে অস্তুম অস্তুম

অনৌবা নোংখোং খোংচৎ অমদা

# ঐরেগী পলেম মুংসিবী

চীংসাং লাকপগী মমোমলোই
চীংন্নুং উমংগুম ঈংলবী
অতিয়া পক্লা বাংব্রবা চীংজাওগুম লেমলবী
মালেমগুম অথাং কল্লবী পলেম হাওবীনা
ঐরেগী পলেম হাওবীনা
কোক্লা কোকসেৎ সেৎ
খ্বাঙদা খ্বাঙচেৎ লাকসিন
খোংউপ তোংদবা খোংনা
কল্লবা চীংমায়গী তীংখঙ তুম্বী লান
লমলবা সম নমদা নখো পো
অসুম অসুম কাখৎতুনা চৎখি
লোইবী চীংয়াং চীংয়াং
অসুম অসুম লানথোক্লুনা চৎখি
লোইবী চীংসাং চীংসাং।
চপ ঙম্বা লোকনুংদগী মোং হাদনা
লাইজ ঈসিং সোক চামলৌ মথেন লাং
তামলবা চীকলবা বারবা পামলৌদা
লৌরি চিথেক থুং হোইবু লাও লৌয়াল্লুরগা
লমওক লময়োং হোইবু লাও তানথোকলুরগা
চপ ঙম্বা চীংমায় চীংমায় লান লান্দুনা
অসুম কাখৎলকই অসুম কাখৎলকই
অবা হুইসোক লাং ফিজিনা হুমাং তৈথোক
ঐরেগী পলেম হাওবীনা।

## ঐগী পলেম মুংসিবী/২২

ঐনা নোংমা হংলুই—
চৌংগী পলেম মুংসিবী
ইমাগী নমদগী সমত্তুদা
করি করিবু য়াওরিবা
ইমাগী নমদগী নমবোদো
করি করিবু হাপলিবা
অমুক্তা য়েংহৌগনে ইমা
ইমানা সেনে য়েংঙনে হায়ত্তুনা
লৈথত্তুনা উংলকই নমদগী পোংলুমদো
থাবদি লৌতেনে নমবোদো মীকুপ'মত্তা।
ঐনা য়েংলুই খঙনিংনা করিবু য়াওরিবা,
য়াওরম্বীনে সমত্তুদা ইমাগী সমত্তুদা
পলেমগী হমু মালে কারবা মপুরোইবা
পলেমগী নহা লাংজেং মথোকলকপা মপারী।
ঐনা ওকথত্তুনা হংলম্বী
করিগীনো ইমা করিনো সিদি
ইমানা ঐঙোন্দা অমুক্তুং য়েংলম্বী
অত্তুগা হায়রম্বী তপ্না—
ঐনা পুবিদ্রবাদ মথোয়দি করম হিংগনি।
বা মথা অমুক তারমদনা
হান্না হান্নগুম চৎথি
মোং হাদনা চৌংলেমনা
ঐগী পলেম মুংসিবীদো।

## মুংসিৎ অমসুং তেলংগা

তেলংগা ময়াম
মচুগী তেলংগা ময়াম
অসংবা অতিয়াগী মকোয়দা
মুংসিংকী ঈথকতা সাথোহ্না
সাখপ তোয়রকই রাংথৎলকই।
তেলংগানা রাংথৎলকলিবমথৈ
তেলংগাসু অসুম পাকথোকথোরকই
মথং মথং অসুম পাকথোক্লরকই।
মমৈথংদদি
অতিয়াগী অসংবা মচুমকপু নমহৎখি
মুমিৎ থা থরানসু থনজিনখি
সংবান্নবা অতিয়াগী রা অদো
মুমিৎ থা থবানগী রা অদো
তপ্না তপ্না কাওনরকখি।
কবি কলাকারসিংনসু
অসংবা অতিয়া হায়বদো
তেলংগা ওইনা মচু মচু য়েক্লরকখি
মুমিৎ থা থবান হায়বদো
তেলংগাগুম চুথেক চুথেক য়েক্লরকখি।
অসুম্না ওনখি তেলংগা
অতিয়া থা থবান মুমিৎ
লোংজি পাল্লিবা পুম্নমক
তেলংগা মচুগী তেলংগা।

অত্তবু লেপতবা মতমনা
লেপতবা মাগী কাংখোংনা
খোংথাং অমা লৈসিনখিবা
খুনাম অমা হেনজ্জিনখিবা
কনা খংহৌই কনা উহৌই
য়েংঙু য়েংঙু
হুম্মলকলে মতমগী তমথিবা মুংসিং
মীমুংসী খঙদবা সজ্জিবুগী নোংলৈ।
অহাংবা অত্তিয়া নকোয়বু নমহৎতুনা
মুমিৎ থা থবানমকপু খনজিন্দুনা
নাপল বাংনা থৎলম্বা তেলংগা
মত্তমগী খুৎনা সোকলকপদা
করি খোকলরে য়েংঙু য়েংঙু
নোংমা মাবু থাজৎপিখিবা
মত্তমগী খংঙমত্রবা খুৎ অচ্চুনা
ঙসি করি অমুক তৌররে
য়েংঙু য়েংঙু।

# লোম্বা নাইদবা য়েন্নিং

নঙ লাকলে হায়বদো
ঐদি খঙলুদে
হে ফাইরেলগী মুংসিং
নঙনা খঙহৌদনা হুমথরক্লুনা
ঐবু পৃথ্বী উপালদগী থাদেকপি
লৈমায়দা লংথবীরবত্তদা খঙলকই
ঐ অসি মল্লবনি কাম্লববনি হায়বত্থু।
খংইনে ঐস্থ অনৌবা য়েন্নিং অমগীদমকনি
অত্তুবু চৈনাসিদি কয়াদ হুকখ্রবা।
খঙলকই ওসিত তেকল–তার কানসিদা
করমনা করিনা সুক সাংল মতমসিদা
মনবা নাইদনা লেপ্পা লৈতনা
হুমত্থুনতা লৈরকলিবা নঙনা
থুগায়ত্থুনা সৈমগৎতুনা।
কৌজরি থম্মোয়দা থুপনা
হে ফাইরেলগী মুংসিং
পিয়ু ঐঙোম্দস্থ নঙগী
লোম্বা নাইদবা য়েন্নিং।

## খঙদবা ময়াই

পুন্সীদা পুন্সীনা স্পচিন্দুনা
তাপ হেক পায়সিনবা য়াদবা
কয়ামত্থু লৈমি তায়বত্থ খঙ্গ্রবরা
ঐগী সৈরেংনা ঐবু মপান নাইদবদা
সুম চিংথুনা ঈথেং মরক্তা চিংথুনা চিংথুনা
ঐবু মঙ্গারথক্তা সুম চিংথুনা চিংথুনা
ঐনা ঐগী ঈথেংসিংথু থকচিন থকচিন্দুনা
সুম ইনবৈ অসুম ইনবৈ পম্বুং খঙদনা
চোকথনা থৌগাংননা হুনবত্থ ওমদনা
খঙদবা ময়াই মখা চিংথুনা
ইত্রিবা অরোইবা নৈদেং অমসিদক।

## ঙসিদি ঐগী সৈরেংনা

ঙসিদি ঐগী সৈরেংনা
খম্মোয়দগী পাথোক্তুনা চংশ্রে কদায়দনোমা।
লাইয়েকপা
নঙনা ঐবু অস্থুম্না য়েকসিল্লিবসিনা করিগী
নঙনা ঐবু ফাজিল্লিবা ক্রেমসিগী মমুংদা
ঐ লৈনিংদ্রে।
অঙাওবা পোসিদোন
নঙগী করি হক লৈত্তুনা
ওদিসিগী হিরেনবু অমদগী অমদা
কোয়হুম হুমত্তুনা সাম্নদ্রিবা কল্লিগী,
থাদোকউ থাদোকউ মাগী হিরেন্দু থাদোকউ
কল্লি, লাইবক হায়বা
পুন্সীবু অর্থ অস্থুক লৈতবা।

## খ্রীষ্টমাষ্ট

খ্রীষ্টমাষ্টকী অহিংদা
সনাগী লুহুপ উপ্পা বিসোপ
অঙৌবা অরুবা ফজবা
নিংথিবা ফিজোল সেংপা
ফাদরসিংনা পরেং লেংলহনা
মৈরা পরেং থাম্দুনা
থুংতা লাইসোন লাইরিক পায়দুনা
চহি লিসিং কয়া নিঙখায়রক্লবা
থৌনা পাঙ্গল রাখল থাজবা
অমতুং সক্তিগী অতিয়া খেংনা
রাংলবা সনাগী চচ মমুংদা
খ্রীষ্টমাষ্ট কেরোল সকই।
অতুগা
তিংথংগী লহুপ উপ্পীরবা
ক্রোসতা পাং তিংবিরবা যিস্থনা
খেংলবা ইংলবা অহিংহুদা
ফি মতং অমতং সেং
চেক মোক লাউদনা
তুমীন্না অবা মৈচাক খাংলি।
খোং খুং অনিগী য়োংপি মখুল্লসিং
থবাক পাম্বোম অতুগা ফৈদগী তাখুলসিংদগী
লোনথোক্লবা খম্নোয়দগী লোনথোক্লবা অঙাংবা ঈখেং
চহি লিসাংসিংনা তপ্না তপ্না লেপতনা সিম্বরকলি।

ঐগী পলেম নুংসিবী/২৯

## লানথেংনরিবা থৱায়

নুমিৎকী মঙাল ফংদ্রবা অমমবদা
মঙালগীদমক অমমবা মরোল মরোলবু
লানথেংনরিবা হে লোৎলিবা থৱায়
অমমবা নত্তনা করিস্থ থেংনরক্লুবা
অমম্বগী অমমবদা হৈনরকলবা
ঐগী থাম্মোয় অমদি থৱায়সিনা
খঙলুদে নঙবু খঙলুদেনে নঙবু ।
নোংমস্থু নঙনা
নখুৎ খুদোল্বী অত্থুদা মৈ চুত্থুনা
নসামক্লা মৈনম অত্থুমক ওইত্থুনা
নসাগী ঈখেংতনা থাও ওইত্থুনা
লেপলরবদা থোংজিন্দা ঐগী
কিবনা নিকথি ঐনা
নুংঙায়নি খন সাজরুবা ইয়ুম
ইয়ুমত্থবু নঙনা মৈ থারগদবগুম
তুকচথি নঙবু ঐনা
হুইথৌ চবুনা চবুন থাজিন্দুনা
নঙবু সেং সেংতুনা চাহনথি,
চহি কয়াগী মমাংদগী
ইয়ুম অত্থুদি তাংগোয় তাশ্রবনি
খঙহৌদ্রে খঙহৌদ্রেনে ঐনা ।
অমুকস্থু
মীরেনসঙগী মোর্গতা নঙনা

ঐগী পলেম হুংসিবী/৬০

নমায় নসা সিন থুংনা
খোংউপ বৃতকী মমি চবুনগা
হিপলম্মী অসিবা মরক্তা
তুকচনা ইনখোকলমখি নওবু
বৃতকী মমি খোংবাক চবুম্না
ইসা পুম্বা কুপতুনা
ঈহিং নাহিং মরকসিদা
ঐনা কয়াদ মুংঙায়না তুমলম্বা
থংলুপ্রে থংলুপ্রেনে ঐনা।
অমমবা মপৈবু মাওহন্নবা
নখুৎতা খুৎলায় পারতুনা
নিসান তৌতুনা লেপথক্সকলবদা
ঐগী ইরাইবক্তা তমলিবোই নিং
নথবাক্তা নোংমৈ মরু চবুন অমা
কলক পেন্না হৈথখি ঐনা।
নওনা কয়ারক হন্না সিতুনা
কয়ারক হন্না হিংগৎলক্নি
লেপ্পা নাইদনা হনবা লৈতনা
মঙালগীদমক সোক্নবনা নওগী থৌ ওইরি
নসাগী ঈথেংগী লৈখোমদা পুৎথ পুৎথ
মাংদা চংসিনবনা নওগী লম্বী ওইরি।
অসুম্না নওনা সাবিরম্বা সনা সঙ্গায়দা
মুংঙায়না তুমখুল হল্লিনে ঐখোয়না।

## নহাক সৈরেং ইরি

নঙনা মোমোন মোমোন সৈরেং ইরি
নহাক সৈরেং ইরি সৈরেং অমা সৈরেংগীদমক
অতিয়া সিন্না অমুবা সাথিবা নোংনা কুপশ্রে
উজাও কয়াম্স হায়হৎতুনা তুশ্রে ননাক্তা
তুরেলগী তোর্ব্বানম্স নিঙথায়শ্রে লাওনা
নহাক্তি নিঙাফ্লদনা অচুম ফমলি লেংদনা।
অকনবা নোংলিক্কী ঙকনবা সাথিবা তানথাদা
রাংলবা উজাওবু হায়হৎশ্রবা য়েংঙমল্লবা সকতমদা
অকনবা মুংসিংকী থিংঙমল্লবা সাহুম সাফুদা
অঙাওবা উথক উবৈগী অকিবা সুরদা
ইরি নহাক সৈরেং মোয়োম মোমোন নিঙাইদনা।

## মতম "চুপ্পগী ওইনা

কনানা হায়রিবদো হয়েংগী নত্রগা মমাংগী
মপোক, পুম্মক মীনম্বনি থাজরুম্মু ওইদবনি
মপোক অসি লেংদ্রবনি মতম চুপ্পগীনি।
অসিবা নওনা ওমজবদি
লৈবাক্কী পাত্রসে থুগায়রমবতনি।
য়েংঙু তু পুমনমক্কী লৈহৌরবনি
ঐগী অসা ঐগী থৌনা
ঐগী অৱা মুংঙায় থম্মোয়গী নিংসা,
পুম্মক পিরমজবনি নঙোন্দা
হে মঙ্গপ মুংসিবা
মতম চুপ্পগী ওইনা।

## হৌজিক্তী

ঙসিদি

নঙোন্দা ঐগী পীনিংঙায় করিস্থু লৈত্রে
নঙোন্দগী লৌনিংঙায়স্থ অমত লৈত্রে
ঐনা নঙবু থাংম্নায়দা চেৎনা কোনসিল্লে
অত্থুগা নঙবু ঐনা থাপনা ইনথোকলবনি।
ঐনা নঙবু উমিংবস্থু লৈত্রে উনিংদবস্থু লৈত্রে
নঙনা মৈসা ম্লাওদবা অইংবা থাজ ওইহুনা
ভাল্লরে ঐগী অহাংবা অমমবা অতিয়াদা
মসিবু ঐনা কল্লকউবস্থু লৈত্রে হর্রাওবস্থু লৈত্রে।
হৌজিক্তি পূমনমক উনওম্না চিকলে।

## থঙ্গোং

ঙাম্ন চিনথাবমগী ঈরেলদা
লুন্ন-নিংথি-ফজ ঈচেলদা
অমুক লুপ অমুক ফাওগৎ
মমিৎ অনি মিৎচান্না
লুংসি খোৌন্নাংন য়েংনজ
অমুক লুপ অমুক ফাওগৎ
অহৌবা অরোইবা নাইপ্রবা
অমম অঙানগী বাংমদা
ঈংলবা চিকলবা লূরবা
পুকনিংগী থুপলবা অপেনবদা
পুকনিং পেননা সান্নমিন্নবা
থজোং অনিন্থু কনানো
লে।

## পুন্সীদা পুন্সী অমত

মথাদা ইংলবা উরুম পীদুনা
লমলোং মরি ফাংবদা
লিন্নবা খোংনাং অমা
মদোম তুম্মীন লেপলি।
খোংনাং অদো
মনা অমতন্থ কেনখিবা লৈতে
মনা অমতন্থ চোংলকপা লৈতে
লিরবা মউনা কৃপসিন্দুনা
মহাক লেপলি অদুম লেপলকলি।
মতমনা মমিৎ অমুক অমুক কুপলকপদা
কবি কয়া কলাকার কয়া মীথোইবা কয়া
মাঙ্লেম লৈতংগায়দা তিনখি,
মীরোল কয়া কয়াগী
মসিং খিঙমত্রবা খোল্লবু
মুংসিংনা কয়ারক মুৎথৎখ্রবনো
কনাস্থ হায়বা ঙমলরোই।
অদুবু খোংনাং অদুদি লেপলি
চিন্না মোং হাদনা তুম্মীননা
অবাবগী রাংমদা মুংঙায়বগী রাংমদা
ইংলবা লেংদ্রবা অদুগুম্ব: অচিকপদা
মসানা মপাবু, কাউজদুনা
য়াঙনা চেন্নিবা মতমগী
তোর্বান চিদায়দা চিকপকনা

অরিবা মকু মুংদা
নৌবা লৈত্রবা লিবা নাইত্রবা
পুক্নীংগী ফিভমবু চেৎনা ঙাক
খোংনাং অদু অহুম লেপল্লকলি ।
পুন্সী লম্বীদা চোকথরবসিংনা
পুন্সী নম্বোদা চোকথরবসিংনা
কয়ায়ক হন্না লানথোক্কুনা থিহুনা চৎনখি,
পুন্সীদা পুন্সী নয়ো থাহুনা
পুন্সীদা পুন্সী অমৃত থকচফম ।

## চফু সাবা অমসুং ঈপাক

ঈপাক অমগী মপান্দা তাম্না
চফু সাবগী পিক্লবা খুন অমদা
লৈরম্মী চফু সাবা অমথক মতোমতা।
মখুৎনা লৈবাক পেক্নুনা
মুমিং খুদিং মানা সাই
লাই কয়া মী কয়া সা উচেক কয়া,
সিংনাং চরোং অকংবা খোমজিন্দুনা
কংহনজে মুর্ত্তিসিংত্তু মৈ থাত্নুনা
মখুৎনা সেমজবা মচুসিং
কন্থীদা পরেং পরেং মনাক্তা
তুরিনা লুপ লুপতুনা
মচু হাপ্পী থবায় হাপ্পী মুর্ত্তিসিং
খুনগী চিক্লবা মুঙগী মন্দিরগী লন্থীদা
চাইনা হোৌরিবা উপালসিংগী মথাদা
পরেং পরেং লেপহল্লি
মচু হাপলবা থবায় হাপলবা মুর্ত্তিসিং
নোংদা মুংসাদা মুংসিংতা
অত্তুগা অসংবা ঈপাক্কী ঈমায়দা
তপ্না লিংখৎলকপা অয়ুক্কী
অঙাংবা কোরৌগী অনৌবা মায়থোংবু য়েং
য়ৈরকই মাগী পিকলবা দমরু ত্রোং ত্রোং,
সনাগী ঈথক হোৌরবা ঈপাক্না
তথক তথক্না চেনখৎলকই

মুমিৎকী মায়থোংবু সোকচনিংছনা
য়ৈরকই মাগী দমরু ত্রোং ত্রোং
মুমিৎকী সনাগী মসেক্না
সাংনা সাংনা চাইথরকই
অভাওবা ঈথক্কী ঈপোমদা।
সাম্নরি অঙাংসিং মুংঙায়রনা
লিয়বা মুঙগী মন্দিরগী অকোয়বদা
মাগী দমরু তানা তানা
য়েংঙু কনানা সাদানবানে
অদুগা কনানা য়ারৌ সা।
নোংনা মুংসিংনা মুংসানা
মথং মথং চামথোকপ্রবা
মথং মথং নিংথায়হনপ্রবা
মাগী লৈবাক্কী মুর্ত্তিসিং
য়েংজে মানা মুমিৎ খুদিং
অদুগা অমুক সাই অনৌবা মুর্ত্তিসিং
মুমিৎ খুদিং চোকথবা নাইদনা
অদুগা মহোৌসাগুম
অয়ুক খুদিং ঈপাক ঈরেল মপান্দা
অয়ুক্কী অঙাংবা অনৌবা মুমিৎপু য়েং
য়ৈজে মাগী দমরু ত্রোং ত্রোং
অভাওবা ঈথক্কী ঈপাক মপৈবু য়েং
অঙকপা তান্নাদা থঙঙমদ্রবা পুক্কলোন্দা
য়েংঙু কনানা সাদানবনো
অদুগা কনানা য়ারৌ সা।

## পোইন্নুগী লৈচিল

পোইন্নুগী লৈচিল
করিগীনো তন্দে মান্দে নিঙায়দনা
নোম নোম মালহৌনরিবা ।

পোইন্নুগী কোরৌহনবা
করিগীনো মেংথরবা মায়থোংনা
নদোম লোম্না লোম্না মোমোম্নবদি ।

লৈচিলগী পারবা ফিঙৌ মরুমদা
ইকায়না লোৎচবী মালেম
থানিল অহিংগী থাজনা
মথাদা চেৎনা কোনসিল্লকলে ।

ফৌনা লুমথরবা ফৌনানা
লুকথ লুকথ মোমোম্নরকলে
তুরেলগী খোংম্নুংদা
লৈপাগী ঈরি সিম্বরে
লোক্তাক ঈরেনস্থ খোমলেন মঙলান্দা
মদোম মোমোন মোমোম্নরে ।

পোইন্নুগী লৈচিল
হাংলবা ঐগী অভিয়াদা
তন্দে মান্দে নিঙায়দনা মালহৌনররো
কোনজগে নঙবু ইথাদা চেৎনা ।

## থোংজিন্দা লেপলরবদা

'অঙাং অত্থু মুপীনি'
'ওস'
'করিনো, করি তৌরে হায়রিবনো'।
মপাত্থু চংসিনকপগা
অঙাং অত্থু বাংগোনসঙদগী
য়োমসিন্দুনা পুথোরকপগা
মপা চপ হেক চান্নরে।
ইস কনানো অসিদি।
খংপ্রেক খংখি—
মায়কৈ খংদনা খংহৌদনা
ঈথক চামনা ফুজিল্লরে
তাংথক নাইদ্রবা মাগী থম্মোয়দা,
নৌরিবা মালেমদ অমা য়াকায়ররে থোংজিন্দা
লৈ অমা থিনগৎলকলে মুংসি ইখৌ লাংনা।
মপাত্থুগী মায়থোংত্থু খংহৌদনা ঙানখৎলকই
মীৎয়েংত্থু মেংথরকই খঙঙমদ্রবা মঙালনা লংখৎলকই।
হমুবী ময়ামত্থু কোয়লাং লাংই
'হরিনাম সোল্লুনে ইবুংঙো
সেনে খরগা চঙসিল্লকত্ত
মনাকোংসিদা তুম্মীম্মা সোল্লুনে'।
মপাত্থু
তাব তাগুম তাদগুম হায়রকই

'করি হায়বা',
হন্নবী অমনা ইংনা হায়রকই
'হরিনামমন্ত্র অন্তমলক সোল্লগা
নচাগী তুংগী য়াইফনবা
মংগোল পীহুনা মকোক্তা নানথবীযুনে'
নৌরিবা মপাক্ত
ইকায়খুম থুংসিখুম পোওজখুম
পোকপদা ঙায়রিবা মচানুপীগী
নৌমিবা পীকলবা ইপ্রিবা মরাইবক্তা
নামথবীরকই ভয়াং তসোয়ননা
থোকখি রাইহেহ্ মসাকাও থংহোদনা
'হাইফমলমু হাইফরোকো'।

## মুমিৎ অতুদা

মুমিৎ অতুদা নঙনা কয়াদ কপখিবা
অতুগা ঐনা কয়াদ নোকখিবা
নঙস্থু অতুম কপতুনা লৈখি য়েংলকখিদে
ঐঙোন্দা, ঐস্থু অতুম নোক্‌নুনা লৈখি য়েংলুদে
নঙোন্দা, মুমিৎস্থু নোংচুপতা থোকলকই
অতুগা অহিংগী অমমবদা থম্বালস্থু সাংকায়রকই
মায়কৈ খঙদ্রবা মুমিৎলৈদনি মথস্ত কপচখিবা
কেনসি কেনঙমদ সাংসি সাংঙমদ ।

## অসংবা অনৌবা মনা

ঐগী ইতিহাসনা স্মুক হৌগৎলকপদা
নঙগী অমনবা ইতিহাসকী ফুরা
নিংখায়রকলেদো মতম চুপ্পগী ওইনা।

ঙসিগী অবাবা আকিবা অহিংসো
ঐ খঙই ঐ খঙইনে
নঙগা ঐগগী অরোইবা অহিংথুনি।

নঙগা ঐগা কুমজা স্নুক সাংনা
চায়না খোংফেন্নরকপা
লেপমীন্নরে ঙসিদি
লম্বীথুগী অরোইবা পঙখৈদা,
নঙগী অরোইবা মীচুপ অরোইবা খুৎকোন
উ! ওন্থোকনসু থাব্রেদা,
চৈনাসিমদি সিলহৌরগনি নহুৎ
মতম চুপ্পগী ওইনা থম্মোয়দা।

অহিং অসিনা হৌব্রগা
হয়েং ইন্নুং ঙাল্লগা
অমুক্তা থোকথিব্রিবা
অনৌবা নুমিৎকী অহানবা মসেক্তা
উরগনি ঐনা ঐগী অকোয়বদা
নঙগী অমনবা ইতিহাসনা কিস্থরমবহু৷
মথুগী অতেক অকায় মরক্কুদা
লিৎখৎলমগনি ময়োল অমতং
অনৌবা অসংবা মনা অমতং!

## চুখৎখিসি মৈরা অমতং

কৈস্তুম সংগী য়োংহ্লিংঙসে ককত্রিঙৈ
হুনা নিংতম্হনখো ঐগী থবায়
য়াকাইহনখো হান্না ঐগী থবায়
পানগী অমমবা নমজখিসন্নু
নুগী মমবা হান্না কোকহনখো।
লাকচসন্নু নোংলৈ নুংসিং অকনবা
অরুগুনা নোংলৈরুবু সিংনহুন।
চুখৎখিসি মৈরা অনতং চেকাসম্না
নঙগী ঐগী অমমবা থম্মোয়মুং
খংনখিসি হান্না নসক ইসক
য়াকায়হনখিসিনে অমুক্ত।
অমমবা কৈস্তুম সঙগী
য়োংহ্লিং চনবীরবা থবায়সিং।

# মুক্তি

সাংলবা বাংলবা গ্রেতবাল অসি নমথায়রক্লুনা
অঙাংবা ফিরালনা ঐবু খুৎ হৎতুনা কৌরবদা
ইম্মরুই ঐস্তু সাংলবা খোংচৎ অদো 'লোং মার্চ'।
রারলোদ' লেন্দলোদ' ফিউদেললোদ' মথং মথং
লানথোরকপদা চেৎখায়রক্লুনা মচেং মচেং তাহৌই
ঐগী য়োংকী খোংউপ অদো চহিচা কয়া উপলকলবা।
য়েংঙু ইখুৎ অনিসিনা অঙাংবা ফিরালসিবু পুত্তুনা
কয়াদ মঙল লৈনা চংলিবা ইখোংসিনা পনখৈ
পুম্বা মথং মথং লানথোক্লুনা।

য়াংকিসিংগী নোংমৈ মতোনগী চেকপল বাংমদা
উখেন ঐনা অঙাংবা ফিরালগী মচি অমতং তাম্না।
তৎপা লৈত্রবা বোমগী নোংবু ঐগী য়েনপাকাসিনা
ঙাকচত্তুনা নমদা মহিক্কী বোমনা সোইনাইহল্লবা
নৌরিবা ইচাসিবু চেৎনা পোজত্তুনা ইনমদা ঐগী
বাগী চৈস্তুসিমতংগা। অসিবা হুকচাংগী সমুদ্র লানথোক
পাইহল্লরেনে অঙাংবা ফিরালসে ইখুৎসিমক্কা
য়েংঙু অঙাংবা ফিরালসে অঙাংবা মালংদা
কয়াদ মকা লামলবা।

অহুবু য়েংঙু লোয়দ্রিনে ঙসিস্তু কৈস্তুম সঙগী
অরাবা রারী লেললিনে অরাবা অহিং অমমবদা।
অমমবগী কল্লবা বাংলবা পল্লোন মরোল মরোলনা

চেংনা কোয়সিন্দুনা ফংজিনখ্রেনে ঐবু মায়কৈ মরি
ইচা খোমদোন মৈরোবী মৈ লৌবা চংখিবসু হলক্লিরেনে।
য়েংঙু কনা কনানো অমমবসিদা লাক্কুনা লেপলরিবা
খুনাম লৈত্রবা মণ্ডাল লৈত্রবা অবাবা লম্বীসিদা
থম্মোয়দা চেংনা কোল্লতুনা অপোম্বা মংলান অমা
অঙাংবা ফিরালনা অহাংবদা মনিংতম্মা পাইজনবগী।

হে ইমা অরিবী মালেম লৈমা সুংসিবী
কৈদৌঙৈনো নঙগী নথাদা নচা পুমনমকী
মুক্তি।

# করিব্নু তোংজরবগে

ময়ুম মায়কৈ তমলকক্লিবা
ওদিসিগী হিরেনবু
হমত্থনা সাম্নরি পোসিদোন
সাইক্লোপ সাইরেন সারসি
অত্তুগা মথংদনা করি অমুক।
চহি লিসাং সিংনা ভায়জরক্লিবা
পিনোলোপি, মসাবীগীদমক লোংচরকলিবা
নহা ওইবগী ঈথক ঈপোম পুমনমক
মতমগী মুংসিংনা মথং মথং হুমদোকপিগ্রে
ওদিসিনা তুংগীদমক তুংখংচরম্বা লন পুমনমক
য়েংঙ্ধু মীতোপসিংনা ভম্না চায়খায়ররে।
অরোইবদা কাইনখংদা
নয়ুম য়োরবদা হে ওদিসি
করিবু ফংলবগে নহাক্না,
য়েংঙু কাংখোং চায়রবা
খুম্থাক লানসিরবা মফমসে
নঙগী সনাগী সজায়ত্থনি,
মাংদা পোলম্না লেপলিবী
কংসিলকলবা নাকেন থাগী উপালগুম
মসেক মঙাল য়াওদ্রবা মীৎফমদা
নঙবু য়েংত্থনা লেপলিবী অসে

নওগী পিনোলোপিহ্ননিনে ।
য়েরু মায়রোং য়াহ্নবা
পুন্সী লানফমদা মুপা থোক্লা
নোমজুবা হে অথোৗবা
গুন পূমনমক্লা লৈতেংলবা
হে মীথোয়বা ওদিসি
মীওই মপোক অসিদা
কবিবু তোংজরবগেনে ।

## তপ্পা য়াকাইরক্লে কৌক্রু চীংদোল

কৌক্রু চীংদোন্না মায়কৈ খঙদনা
তপ্পা লাকপা ঈপাক্কী খোম্থাংবু
নাকোং থাজংতুনা তায়
খুনিং কাংগাঙনা খুবাক লাইথনসা
য়েংজৈ অমুক্ত উখিদ্রিবা ঈপাকপু
অমুক্তুং উনিংবনা লাংতক্লনা।
মুমিৎনা সুকোঙনা য়েংথরম্মী
থানা নোকফেৎ নোকফেৎ করেম্লরম্মী।
হিমালয়দগী উন পুবা অইংবা মুংসিংনা
ঙাওনা ফৈনা অকনবা সাম্থমদা
কোর্নাসলম্মী মাবু উনগী পাম্বোমনা
লাউরম্মী খোম্থাং চৌনা মিন্না
নহাক ঐগীনি মতম চুপ্পদা নহাক ঐগীনি।
খাঙবদা বাবা কৌক্রু চীংদোন্না
মখোঙ নাপ্পু ফুক্তে হোৎনরুই
কুইরবা মল্লবা মালেমনা
লমহেনবী লমহেনবী লাউরক্লনা
চেৎ ফাজিনখি কৌক্রুগী মসা মরেংসিং।
খঙহৌদনা
মীকুপ'মতা পোখাম্রবা লেংন্থনতা লৈৱবা ঈপাক্না
অকনবা ঈথক ঈপোম নোংলৈগী লোয়ননা

লেপ্লরে
য়েলহৌঔদগী লেঙদনা লেপলকলবা
কৌক্রু চীংস্থ হৌগংতুনা লাক্কনা
লেপলরে।
উল্লররে অনিতু
পাখঙবগী মমৈগা মকোক্কা চীক্লক্কমদা।
ঈপাক্কী ঈসিং ঈরিক্ক খুদিংনা ঈথক মপৈনা
থুমহংলকলে কৌক্রুগী চীংসা নাপোম্ম পূমনমক
মীক্লপ অমতংদি
পুমচিক চিকথ্রে পুমহৈং হৈংথ্রে লেপথ্রে মুংসিং মুংসা।
খঙহৌদে
তপ্পা তপ্পা য়াকাইরকলে কৌক্রু চীংদোন
য়াকাইরকলে চীংসা নাপোম পূমনমক
কদায ঈপাক কদায় ঈরিক ঈথক মপৈ।
হায় হাম্নগুম তমথীনা কংলম্মী হাঙলম্মী
ঈবিক অমত্তস্থ চোংলমদে ঈনিল অমতস্থ য়ৈরমদে।
অত্তবু য়েংঙু অমুকস্থ
হেন্না চিংসিল্লবা হেন্না খারবা উনথাগী
অকনবা মুংসিংনা হিমালয়দগী
হেন্না সাথিনা হেন্না তাওনা
হুমথরকলে য়েংঙু কৌক্রু চীংদোম্বা
মত্তুব উরগা মোমোন নোক্লকলে য়েংঙু
কৌক্রু চীংদোম্মা।

# অরোইবা য়াহং

ঙসিদি লৈহৌরোকো
ইপাম লমদম খুংসিবী
ইপন সেম্লোয় সনাচীং
খুৎসা লংবা লংমাইচীং
য়ুহানা হাগত্রা হাদচীং
য়ুচেংনা নিঙ্কত্র' নিকত্তচীং ।
চৎলেদো লৌথিবী মীংথোম্নরবী
নোংবাম্লোন পেত্তংঙা ঐদি
ইসাবী লাইরেন মৈদিংঙুগী 'নাক্তা
চৎলেদো তোল্লবী ঐদি
অরোইবা য়াহং কোকথোংনহুনা
পান্তখুম ফংলবা য়াহং অমগীদমক
পুত্থনা চৎলে ঐদি ঐগী য়াইবী ।
অসুক সাংনা হিংনা হিংনা সিরুবা
অরোইবদা হিংলুরগনি সিরগা
খত্তলেদো ঐসু ঙসি কুইরবগী তুংসিদা
লাইনিংথোগী ওইথংবা ফংালদা
ফমফম লৈতেনে তোল্লবীগী
অহুনবু ফম্বাল লাংমীম্নথিবনি
খুৎকনবা খুমন চন্নগা
পাংগনবা মোইরাম্বা চন্নুগা ।

অতুবুনে লোয়য়ম্বা নকুম ঐদি
লাইনিংথৌনা নোংমা পেতঙাদা
সকাখিবা সরিত্নগী য়েং
লাইনিংথৌবু ঙায়জরম্বনি ।

নোংমা লাইরেন নয়ুংলাংগী
পেতংঙাগী য়াইবী য়োনখিনে
ঐগী ইতুংদা লেপ্পীগদবা
ইপাম সেল্লোয় মায়য়োকখিনে ।

মৈদিংঙু লাইরেন নাওথিংখোং ও
হন্না য়েংবদা ইবুংঙো নত্তনা
কনা লৈত্রবা চিরবা মিকুপসিদা
করিগী নকুম ঐবু ৱাকাওবিবনো
'ফিব করি খোয়নো কল্লকই ।

হাওসি খুদোপ মল্লায়বী
হাওমন লাংনা কেমবাইবী
ভাওজিং চাদনা য়া কুন্নী
ঙাইরোং তংদনা লৈ সাবী
ৱাংলৈ থক্তনা য়ু পিংবী
য়ামজেং কাসা চাউ
সরা ভুরৈ হাঙ
লেপ্লকলবসুনে কুমজা মুক সাং
নিজরমলোয়নে পেতংঙানা ওইথংবা ফমফমতু
থাদোকল্লগনিদো ঙসিদি
পেতঙাগী য়াইবীসি মীকুম'মদা

ঐগী সমদা লোৎচরকলিবা
মুংচুম খরসিনা ইবুংঙো
নিংসিঙহৌরোনে তোল্লবীগী বান্নীদো ।
লাইরেন নম্থুংলাংগীদমক
পেতংঙাগী পুন্সী মুংসিবী
সীঙেল অরেম্বা লৈরাং
অতিঙা ওইরেদো,
পুন্সী ইবাললৈ অবাং সরু লুতোংলৈ
মীকুপ 'মতগীনিনে ইবুংঙো
অহুদি কারগী করিগীনো 'শুক কল্লিবসিবো
নিংথৌ ওইবগী থম্মোয়না
'সিবু করি খোয়নো কককই ।

ঐগী পলেম লুসিবী/৫৪

# অঙাংবা চৌংথ্রাউ

ঈচায় তোর্বান্দা লুংবঙননা লেপহৌই
থোঙ লোল্লবা অহাঙবা চর্চ
কৌরদ্রে কাংসিনা কনাবুস্থু।

তুমপক তুমপক চায়না লেপলিবা
খুনতাকল্লবা খুনগী তপিক তপিকপা
মৈচাকথাক্কী রায়ুমসিংগী স্থুমাংদা
চোয়জাইনহৌই অঙাংবা গুলাপ।

অহাঙবা মালংদা সাংহৌই
মায়কৈ ঙাকপা লাইয়াম্না
নমত্থনা ফিজি চিংথোকপিরবী
অমুবা লসিংলৈ মায়থোং মল্লা
তামলবা পামলোদা
থাওরীদ্রবা ফৌগী চরোংসিংনা
লমওক লময়োংগী অওং-অনৈ হকথেনহৌই
অত্থগা থাজদনা নোকল্লকই মহৌসাগুম
পোমসাংনবা অঙাংবা চৌংথ্রাউনা
অসংবা মনারক্তগী লিংথোরক্ত্রনা
অত্থৈগী অচম্বা চান্ন-লুসি মীনোক্তা।
অত্থবু
থংহৌদনা কেল্লকই মথং মথং লৈমায়দা
মসিং খঙদনা পুমঙাং ঙাংনা

মপুংফানা সাংচল্লিবী লৈখোক্লা
পুক্সীনা কদায় মংলান্না কদায়।
লৈথাংদা চিংফী সেংপী ইমানা
মথক্তা তুমীন্না ফমলম্মী
মাঙদা ইয়োং তিংথোক
খ্বাঙদা সনম পানসিন
অকেনবা অঙাংবা চীংথ্রাউসিংহু লৌখং
অশুম অন্তুম ফেনজিন্দুনা সারম্মী
খুং ওইনা মুনা নাত্তে কাঙ
খুং ওইনা তেম য়ৈ দং দং।
হুন্না য়েংসিন্নুবদা উরকই
সিন্নয়িবা ইমাগী মিংলুদসু
অঙাংবা ঈথেং পিন্নাং লেপতনা।
ঈচায়গী অঙাংবা অপিকপা ঈচেলনা
পুক্নুনা চেম্মখিং ঈথেংসিংহু খোংথাঙ লুমনা
অকোয়বদা অকাবা চীংহুমসিংনা
মরু লুকথকুনা নীঙমদনা লেপহৌই
মসানৌ ঈচায়বু থেমজিনবা ঙমদনা।

## অমুক হন্না আসাগী লৈরাং

হে মরুপ
সলাং মাইবগী ইংখোলদা
লৈরম্মী ঐগী ইয়ুম মুংসিবদো,
থাংজিংগী হুইথরকপা নাপোমদা
সংবান্নবা থেন অতুদগী
লোইরোইননা বাংখৎলক্লিবা
মেলৈ চরোংনা চুমলিবা
লাইওইরবা খোংনাংতুগী
হুইথরকপা মসা মরেংদা
ঙানা থেংনা সান্নরিবা
চীংমুং সৈসকপী ঈচেলমচা
ঈচেলতুগী তোর্ব্বান্দা
নিংথিনা তেমথোকলবা ইংখোলতুদা
মৌ অনৌবীগুম লেপলম্মী নোংমা
ঐগী পাম্মুরবা ইয়ুম অদো।
ঐগী সুমাংতুদিনে মরুপ
লোক্তাক্না মিংসেল ওইদো
চীংখৈনা খোংজিন্দা লেপলরবদা
অহিংগী মথাদগী মুমিংনা
মতম হেনগ্রগনি তথকনা
খোংথাঙ অমা থাংদোকচরকপদা
ইকায়থিবী লোক্তাক্না লুক্কনা
ঙায়জরম্মীদো মসাবীবু ঙায়ঙমদনা।

অমুকী মুমিৎকা মীৎচাম্নরুবদা
ঙাঙানরবা লোক্তাকী ইকায়থিবী মায়থোং
চিঙৈনা থাদোকপা ঙমদতুনা
মীকুপ অমতং মুংসিনা
লোক্তাকী চীনবান্দা চীনবান্না
তপ্পা মুংসিনা সোকলমলগা
নিঙমদনা হন্দোকপিরম্মীদো।
লোক্তাকী ঈথক লিসিংনা
পুঙমম্নবা কায়ন মৈচাকপু পু
হায়না হুমনা খাংহৌই
ঐনা ঐগী চান্নবীদা
ব্রাসকলম্মীনে নাপ চীক্লা
ঐদি নঙবু থাদাকলোয়নে
পুম্নী মীকুপ অমত্তা,
পুম্নী মীকুপসিংতুনা কদোমদা
অরোনবা আসাগী পরেংনা কদোমদা
সলাং মাইবনা চহিচা কয়াগী মাঙদা
সেমগৎচরবা মচাসিংগী ইংখোল
মীৎনা কুপ্পদা মোংফম ঙনখ্রেনে :
খুনগী খুনয়াইদা লৈরিবা নুংপাক্লুদা
নোংমা খেংনখি অমুকী মুমিৎনা
লিক্লাং চোয়না তৎতুনা
ঈঙাংলক্কা চায়রম্বা,
মুমিৎ অদো মরুপ
মীহাৎপসিংগী তম্নখিবা মীনোক

হাৎতোকপিরগদবসিংগী অকি মীরুপ
অতুগুন্না মীরাওখোম্দুনা
অসংবা অতিয়া মমসিনখি,
চীংগী হারী, তান্না, তিংগোং
চেক মোক লাওখিদেনে মরুপ।
মখোয়না লাকখি সুপনতগী
মাংহন তাকহনবা
মখোয়না লান্দারকখি
খুায়দগী অসোনবদা
মসিবু মালেমগী করন্দা
চংনবগেনে মরুপ।
ঐগী অপিকপা চীংসুং
অবাবগী নাহেখোন্না নিললে
ঐগী সংলবা চীংসাং নাপোম
ঈঙাং পাকতরুরে
ঐগী ফৌনাগী তম্পাক
ঈমুনা পামফেন্নরে।
য়েংঙুনে মরুপ য়েংঙুনে
কনানোনে মায়পাকলিবা
অতুগা কনানোনে মায়থিল্লিবা
খঙদবা লানফম অসিদা,
মৈচাকথাকী য়ুমলক্না
খুনতাকলবা খুনগী মোংসোংলক্না
সাৎলমগনি লৈরাংসিংদো
ইথুংমক্না সেমজখিবা

কুমগী অহানবা নোংখোংদা
সাংলমগনি য়েলৈ লৈস্না নোংজুমপাল
চোংলমগনি অনৌ য়েন্নিং
অত্তবুনে মক্কপ মুংসিবা
কেনগ্রবা পৃন্সী ইন্নাললৈ
অমুক হন্না সাংলরোইদো
লিক্লাং চোয়না কেনগ্রবা
অবাং মরু লুতোংলৈ
চোংলকলরোইনে হন্না অনৌ য়েন্নিং,
পুন্সীনা পুন্সীবু খঙবীদ্রবা
মীওইবনা মীওইববু মুংসিবীদ্রবা
থব্লায়গা থব্লায়গা ত্রিন্নদ্রবা
মোংফম অসিদা সাংলখিংদ্রা
অমুক হন্না আসাগী লৈরাং।

# অসিবগী উপক্ৰোপ

অসিবগী অমুবা লাম্মী তেঙ্গোলনা
মায়কৈ মরি মমসিল্লকলে,
করম্না সম্রাজ অমগীদমক
নত্ৰগা করম্না য়োংছিলগী
মতুংসু অমমবান অমমবনি ।
অকনবগা অকনবগা
সমান্নবগা লেংমান্নবগা
থাংগা থাংগা চুংগা চুংগা
নত্তে নত্তে অমত নত্তে ।
অসিবগী অমুবা লাম্মী তেঙ্গোলনা
থোৱবা তমথিরবা খুংলায়
নম্বো নম্বো সাগোম্নতুনা
লান্দারকলে ঙসিদি
অসোন অসোনবতা থিত্তুনা
খুংলায় পায়জদবতা খন্দুনা,
অতুদগীদি করি ওইরে
অসিবগী অমুবা লাম্মীসিংগী মঙকত্তা
অঙাংসিংগী লুরেন পরেংনা লৈতেংলে
অসোনবসিংগী পাম্বোমতনা ফিজেৎনরে মখাংদা
করম্না পুজানোনে নঙগী
মীমুংসী খঙদবগী থাংদোম্না
লানজম্রবসিংগী থম্মায় লিসিংবু
হিংলিবা হকচাংদগী হিংকোৎ কোৎলগা

কনাদনো কৎলিবা,
নঙনা ঙসি সান্নিবা চোংলিবা থেঙ্গৌ
লৈচায় থেঙ্গৌরা লৈসেম থেঙ্গৌরা,
হিংচাবসিংগী ঈখেংদা
ময়াই কাহনা ঙাওরবী ইমা ভৈরবী
উথিদরেনে কনানো য়েক্লবা কনানো মরূপ
এইসনা নারবা মবুংঙো সিব
মতোমতা তাহনা লৈথ্রেনে
উন মপৈগী কৈলাস চীংদোন্দা।
অহনা হৌজিক্তি করি ওইরে
লোয়বা খন্না নাইদ্রবা
ঈখেং ঈরেন অসিদা
তাওথ্রেনে ঙমনমক
যুগ কয়া চঙনা সাগৎচরকপা
মীওইবগী থম্মোয়গী সৈভ্যতা
অহনদি হে লৈসেন্না
ঈখেংগী ঈপাক অসিদগী
করন্না মালেমনোনে নঙনা
নৌনা অমুক লৈসেমগদৌরিবা
নমি য়েংহনা নখুৎমকনা সাগদৌরিবা
ননিংসা কামসিন্দুনা থবায় হাপ্পীগদৌরিবা
জীবসিংহুবু করন্না জীবনো,
নঙনা ঙসি অকনবা সা
মীসুংসি খঙদবগী ঈখেংসিদা

হুম্লিবা মরু সেমলিবা কোলোম
করম্বা পাম্নী ওইনা হৌরকনি খঙলত্রা।

অতুদগী ঈথেং
লোয়বা নাইদ্রবা ঈথেংগী সমুদ্র
লাকথিগদ্রা নোরা হোলথিগদ্রা হিরেন
লেমহৌদ্রবদা জীব অমতন্তু
ইরাক্লঞ্জবদা ওয়া ঈথেং ঈপাকসিদা।

# মায়পাকপা নম্রগা মায়থিবা

নঙগী নিংথিরবা রাজ সভাসিদা
য়ৈরিবা হরাও পুং পেরে সিঙ্গা
মীকুম'মতা তুমীন লৈবীখো,
সভাসিদা চীংলেমনা লৈতেংলিবা
অথৌ লিচা হেপ্পা
থয়াং কোন্দায় লোনবসিং
ঙসি নথোয়গী মাঙদা লেপলম্লিবা
পিকলবা নেমলবা চমলবসিবু
রাংলবা থম্মোয়গী মীৎয়েংদগী
থোরবা মুংফাও মীয়েংদগী
মীকুপ'মতা মীৎয়েং তাবীখোনে।
অসিবা হকচাংগী চীংলোন লানথোক
ঈথেংতগী ঈপাক ঈরেল লানথোক
লেপলম্লবনি ঙসি নঙগী সভাসিদা
রাহং অমতগী স্নপনতগী রাহং অমতগী,
মীওইবগী থবায় হায়বসিবু
মচু খেননম্রা মওং মাম্নদবরা,
ঙসি ঐগী থবায়সিদা
হিংনিংবগী মৈরিনা কাহৎলকলে
চৈনা অসিবু ইতোমতগীরা
থবায় হায়বসিবু হিংনবগী নৎত্রনে

হিংবা হায়ষসিবু থবায়গী হক নংত্রনে
চপ মান্নরবদি মীওইবগী থবায়
ওসি ঐগী থবায়সিনা
পুন্নিবা পুক্তমন্নবা মৈচাক
ফাওদবা নওগী থবায়দা
থবায়গী চৈনা থবায়তনা থক্তত্রনে,
অত্থুদি করিগীনো করিগী
হিংহনত্রিবা ঐবুসু নওজন্না
করিগীনো হনজীন হনজীন
পীরিবা চৈনা অসিবগী
ওসি নওনা মসিং থওদনা
নখোঙনা নেংলিবা অসিবা হকচাং
মায়পাকপগী খোল্লাওনা নিল্লিবা
হায়ঙ্গু কনানো কনানো
মায় পাকলিবা থবায়
অত্থুগা মায়থিল্লিবা থবায়
খেননবা কন্নিনো অনিত্থুগী
মীওইবগী থবায় হায়ষসিবু
মচু খেননত্রা মওং মান্নদবরা।

## অমমবনা কুপথ্রবা অতিয়া

মাঙদা তার কংলবা সরু মপৈ
মুংসিংনা হমজুনা সাম্নরি নিংঙায়দনা
নাতোল মথুলদা মংকা কোমদা,
করগ্বা লুরেন্না মপুরোইবগীনো
করগ্বা লুরেন্না মচাম্নুপাগীনো
থনদোকফম থঙদনা মুংবংনৈ
লানজেল্লবী লুপ্রাবীসিং।
চংকদবনা কাদোমদা
লৈরুগদবনা কাদোমদা
পুন্সী লানফমদা মাঙ থান্দনা
মায়বোক্লবিরগা পান্থামম্
থাদা কোমজুনা পুন্সী মৈরা
ওইজগদবা মনি মতুমম্
লোয়নমক য়াওগ্রেনে
মাঙদা তারিবা লুকং মপৈসিদা।
মমসিন্নকলিনে হেন্না হেন্না
অমমবনা কুপলিবা অতিয়া,
মপানথোংগী লু-তোং
কল্লক য়েংথিনবা মংসিনদবা
তিনগ্রব: পুমনমক মালেম লৈসাদা
চল্লিবা পাউথোং লুকংসিংনা
কনা থঙদনা তিনগ্রেনে
অমমবা অতিয়াগী মকোয়দা।

# কোফিজা অদুগা লোক্তাক

অমুকী কোরৌ মসেক্তা
অমমবা অহিংগী মথাদগী
মিস্না খুম্বাল সাংকায়রকপদা
লেকভিয়ু অসোক হোতেলদগী
মিংচান্নখি নঙগা কোফিজা
নাপী মকা অমম্ভ তাত্ত্রবী
স্যামলা চৌংতুম পরেংগী লুহপ উপ
মিস ইউনিভর্স কুম চংখাল্লবী
ভোপাল চন্নু সকাহেনবী কোফিজা।
সানচীগী ভুপোনা চল্লিবা মতম
চুম্নগী পাউখোং, খাজুরাহোগী
মতম চুম্নগী অঙকপা সাথেক
নঙগী অহিংগী অমমবা ঈপাক
লিরিবা মালংগী নুংসি চান্ন মতৌ
অমমবা অমদি হৃংানবগী লাংদাইদা
সান্নরিবা থঙভমদ্রা ময়াগী লিল।
কোফিজা
থান্নুবাহে।
অদুগা সানচী
অদুগা লোক্তাক।

হৈকক য়েল্লিগী প্রোমফিনুংদা
নিংথম উনখাদগী ভাকচরি
কাঙদোং কান্নিবা মচাবু

চিকলবা থেঙলবা তাংলৌদা
নাইতোম হিনাও'মা তাওথবিনে
তাংথক নাইপ্রবা খুলং ঈসৈগী ঈপোমগা
নঙগী ময়াই কারবা ঈথকসিংগা অমত ওইথ্রেনে,
খ্বাংদা য়েপলিবা তুজোল
কদায়
লেমলৈদি অমংসু য়াওদ্রি
খুন্ত ইনসোন্দা ইনজিংবী
অহিং ইচিক হুল্লকলেনে
তাংলৌদি কদায় য়োঙবা
তামলবা ফুনদিগী পিকলবা খাংপোকনা
য়েংঙ মিরবা মৈরা'মা ওায়রিবা কনাবু
কোফিজা
খাজুরাহো
সানচী
অতুগা সোক্তাক
মতম চুপ্পগী লোক্তাক।

# ঐগী ইম্ফাল

নঙগী কুণ্ডলবা মীরক্লা
চৎলক্মী ঐনা তুক্মীম্না
নঙবু থির থিরত্তুনা ।
নঙগী মল্লবা কংলাগী
মরোল মরোলগী লৈরোন্দা
থিরিঙৈ নঙগী খোঙ্গুল অমতং
নোংমৈ মতোনগী চেকপললনা
লাক্তুনা ইনথোরকলবদা
মিকপ থোকলকইনে ঈখেংলক্লা,
নঙগী মোৎলবা লৈরক কোনসাং
ঈরম ফুল্লবা নালা পরেং
থিত্তুনা চৎলক্মী ঐনা থম্বাল লৈনমগী
ইংলবা পাৎ অমা অয়ুকী মায়থোংদা,
মরু কোকলবা লাঙ্গোল চীংসাং
কোম্বীরৈ সাংখিদ্রবা লমফেল্ল পাৎ
কদায় চীংদা সোংক্তনবী পাংতা লোংথোনবী ।
অমমবদা নঙগী অহিংগী মোল্লবা নথাদা
য়াংগোয় সয়াং নেৎ তিংখংগী উমং মরোল মরোল
লান, থিরুই নঙবু অহাঙবা সনা সজায়দা ।
ওসিদি থম্মোযদা ফাওরকলে
ঐনা তৎতনা থিরুবা ঐনা কোয়না য়েংলুবা

কনাস্থ নংলমদ্রোনে নঙতবু ওইরমলেনে
মরু কোকলবী লিরবী মল্লবী নুংসিবী
ঐগী ইম্ফাল ঐগী ইম্ফাল ।
ওল্লাংগী সক্তমব ওসিগী ফিরুকমুংদ
হয়েংগী মায়থোংবু লোং
নঙগী সিল্লোমমুংদা মংলান অমা নাউপুল্লহনা
নঙগী চাইথরকলবা নপাললনা
নাওয়েক অমা সিংনরহনা
ঈথেংলক্তা পোল্লপ লেপলিবী
ঐগী ইম্ফাল ঐগী ইম্ফাল ।

# ঐগী ঝেলেকী

ঙসি অহিংসিদগী অমুক তুমলরোই ঐ
তুম্ববু ঐনা মায়থিহল্লগনি মতম চুমগী,
মফম অসিমক্তদা হয়েংগী কোরৌ নোংদ
কৌরৌগুম মসোংক্ষম্না লেপলরগনি ঐগী ঝেলেকী
অমম্না অমদি অসিববু সিংনত্নুনা অপোকিলুংগুম।
খুনগী রঙবু ইদা[1] অহিংনা ফিমু কোকসেংন
সাফি লানফী সেং তানজা ঙায়ত্নুনা লানলুমলিবা
ঐগী চেঙদিগী[2] উচেক লাংমৈ উরগা
মীকোক পরেং উরগা সাকোক পরেং উরগা
হনগ্রগনি মরাই লুক্কা মবইগী তোর্বান বাংমদা।
সাকালুঙ কামৈলাপৌ রঙসুংথক্কালুঙগী
অঙম্বা চীংমায়সিংবু সিংনত্নুনা ইদোম খাঙলুবা
ঐগী চেঙদি চেঙপই[3] দমচঙ[4] অমম্বং সুমতুংচেঙ[5]
লোয়না লৈরে সিদা ঙায়রত্নুনা য়ুমহোং কুম্মৈ।
মুমাংনা নমদা তেন্দোং পো চীংসা পনলোন
লান লান্দুনা সাদানলকপদা উগনি ঐগী ঝেলেকী[6],
অপোকিলুঙ অমদি সাকালুঙগী মপামবোম আনিনা
সরাক তমগদবগী মসা ফনদোকলিবা উমাইবীগুম
অমম্না অমদি আসববু সিংনত্নুনা নোংমদোল অতিয়া
তম, মরাই হায়গং লেপলিবা চীংলাই মচী অনি,
লাইরৈপাক্কী নোংগা লম্বী, ঐগী ঝেলেকীগী কাইরেন[7]
হৌজিক্কি মকুইনোংদগী মুংপাক মরোল মরোলনা
নম্মরো ঐগী থক্তা, থমম্বং পাউতাক য়াইথোং সা

হুন, হাওসি মংখিল, বাংলেন, পুণ্ড হৌ য়াইখোং নানম
সক। অপোকিলুংগী অঙাওবা মুংসিংস্ত হুনজররো
ঐগী থল্লা, মবইগী[৮] খোংলংনিন, থক-খা নিকংন্দুনা
ঐগী ইতিক ইথোনাগী ঝেলেকী, ঐখোয় খুনগী
খুনয়াইদা খায়দগী বাংনা খোয়না লেপল্লিবা
ঐগী ঝেলেকী, লেপাহৌরগনি সিংনথুনা নিঙায়দনা
লৈসেম নোংসেমথৈদগী লেঙদনা লেপলকলিবা
অপোকিলুংঙ, সকালুংঙ কামৈলাপী, রংসুংথকী লুংগী
অরাংবা অঙবা চীংলেন্দা চীংদানসিংবু নমহৎতুনা
মুংখিল কোরৌগী লম্পী থং অহিংগী অমমবু সিংন।
ঙসি অহিংসিদগী অমুক তুমলারোই ঐ
তুম্ববু ঐনা মায়থিহল্লগনি মতম চুম্লগী।

১—পনখোং।
২—য়ুমগী স্নায়ুম্বী নত্রগা যাত্রা য়ুম্বী অসিগী মতোন্দা উচেক লংমৈ হাপ্পী।
৩, ৪, ৫, —য়ুমগী মমাংদা স্নায়ুংগীগা থংনবা মরুওইবা উখোংসিং।
৬—মাঙ মরামগী নিংখোংথকতনা লৈগদবা য়ুম
৭—লাইসঙগী মতোন্দা হাপ্পা কাচি নত্রগা চীরোং নত্রগা কাই।
৮—বন্নাক তুরেল।

## ফুঙ উমং

হন্না য়েংখৎলন্নবদা কতককিতুগী ফুঙ য়ুম্বীসিংহু
সুকলবা লেমলবা লন্মলবা অন্না মীৎয়েংনা
তেংবান ন্নাংমদগী মুংপান তুনা য়েংথরকই
ঐরাঙান্দা। মতমগী চাগোদগী নানথাহোন্নবা ফুঙ থরদি
ইজিপ্টকী নিংথৌরেল ওজমাইন্দজগী মুত্তিগুম
য়াত্তারি, মরি-মত্তা অমত্তনা থিবিরম্লবা অসিবগুম।
তারমদাই মুমিংকী মরাক চামকলবা মসোং চুমথাং
কাইরেন তেকখ্রবা মঙগী মাংথোগুম লেপলিবা
মললবা ঝোলেকীগী মরুমদা তপ্পা তপ্পা সামথরকলে।
মাঙদা লৈরে খুনগী রঙবন্ন্নই, রঙবন্নইগী ন্নাংমদা
চপ ঙমথগ্রবা লম্বীদা পিকলবা মুঙগী থাক
পরেং অমা, লোইরোই লোইরোই শ্রীয়ম্নগী
মপাল নাইদ্রবা পুংগী অথুপ্পা খোঙচং—
অমমবা ফিজং মরোল মরোল হায়দোন্নকলে
পোইন্নুগী লৈচিল অমদি লাংবনগী নোংজাবীনা লোৎসিনখ্রে
অতিয়াগী সংবান্নবা, থা, থবান, মুামং অমদি মহৌসা।
অহাংবগী লৈরোনম্নুং অচিকপগী মহুমম্নুং
মঙাল অমদি অমমবা খায়দোকপ্রিবা মতমগী
চগো ন্নাংমদা, লোংনা য়াত্তাহনা লৈরি থবায়
হাপত্রিবা, পোকপদা ঙায়ন্নিবা মপুং ফান্নবী, অহাংবা
ফিজেৎনা, মহৌসাগী মহৌসা লন্থুপনা লৈতেংলবী মালেমলৈমা
কুমগী অহানবা নোংখোং ঙায়ন্নিবী হঙোয়গুম নক্সগা সাংনকগুম
থংহৌদনা সাফু কন্না হমলকাললবা অকনবা ফুংসিংবী

তাম্বাদা, অঙকপা পুঙাখোল অমদা অকনবা
খোংথাং, মুংসিংকী ঈপাক্তা অকনবা ঈপোম হৌহললিবা
ঈথক্কী থার অতুদা, মালেমগী অহাঙবা মথা অতুদা
য়েংঙ্, কনানো মখোয় খরা মালেম অসিদা
মালেম অসিগী নত্তবা জগোয় অমা ডাওনা
সারি। মিকুপতা হু কামাসল্লকলগদবা খারৌগুম
মখোয়গী নাপল্ল কারবা মখোডদা মমি মাঙপ্রবা য়াই, চোং
ফল্লিবা মখোয়গী ক্ষ থোংদ্রবা হকচাংগী লু-তোংসিং, লৈংবান্দা
হাযরিবা মসম, করিনতা হম্বদনা মতিং ফুদোকলি।
পোকপা সিবগী ৱাংমদা মালেমগী তুখো খুদিংনা থকসি
সনামহী, হৌজিক হোরেন হায়েংনা য়োৗদবা গুরুগী ফম্বালথক
মালেমগী খোয়জ্ঞীখাদা খোইজ্ঞা মীহুন লাং, ময়াই লেপলরে পাখঙবা।
মাঙদা সন্দোক্লনা লৈরে কতকল্লিতুগী মুঙ উমং,
খোংথাং অমদগী খোংথাং অমা, মুঙমুম্বী মরোল
অমদগী মরোল অমদা, অস্থূম অস্তুম তামাহৌরে
তেকথরকলবা মনথরকলবা, সিথরকলবা, কংসিল্লকলবা
পূমনমক, হকচাংগী তুখোংসিন্না ইনৌ নৌনা ফাওরকলে
য়েংও, লাইরৈপাক অমদি থমমুংসবাগী বাংমদা ছমলিবা
অমুক্ত ফংক্তখিপ্রিবা ময়াই অমা, সন্দোকলকলিবা মুংসিংকী
লোয়নাইদ্রবা ঈথক ঈপোমলক্তা লোয়বা থস্বা নাইদনা।

## মৈরেং অমা

কুক্রুক কুক্রুকপা পুন্সী লমসাং, মক্রুক মক্রুক চগ্রীক চগ্রীক
অস্থুম চংথখি লোয়বা নাইদনা অমমবগা লেংগাম্মতুনা
মণ্ডগী হিদেন, সকাহনবী কয়া মখুং হায়রতুনা নিঙমদনা লেপহৌই ।

থম্মা খেঙ্জোং পোমসাংনবা থম্বাল, মুমিংকী য়াকলবা মীংয়েং
মী য়াওদবা স্নেক্ত অমা রেনদিয়ার চিরোংবীগী মনমদা
পাকলবা লোয়বা নাইদ্রবা মেরুগী লমদম নাইতোম
লেপলিবা মেরুগী সান্দানবা, লোইদাম থাজ পাখংবা ।

অস্থুম চংলি অস্থুম লোয়বা নাইদ্রবা উনগী মপৈ লান্দুনা
থুংসিং নিংথৌ কোতুরাগী কৈনা, খোংউপ মরি
নানথোরকই, কোকথুম ফি নানথরে, লম্বীস্ত মাঙরে ।

মসাবীগী পুরেল নমগী সমদা, অস্থুম চংলি ঈরৈমা
ঈরিল মতুংইন, তুংদা তাম্মরকই হাওয়াম, অপোকপা মপা
লাইরেম্মা কোনফমগী পাংয়াদা কুংলবা মংলবা বাপলদা
য়ান্দুনা থম্বীরম্মী মচামুপীগী কানক, খাংজেং, তুম্বা, সম ।

## অচিকপা অমসুং ঐ

ইতোমতনি ভুসি অহিং চিকলবা কা অসিদা
ঐগা তন্দে মান্দে মিংচানরম্বা মুমিদাংবোইগী
অতিয়া, অহিংগী অমমবা সমলাংনা লোংসিনখ্রে
চাংলবা কাংথকনা মথন্তা তাসিন্দুনা তুমথখ্রে
থবান মৈরাসিংগা সান্নমিনরম্বা কোফিজাগী
মোং হাপ্রবা ঈথক মপৈস্ত করম্বা মিকুপতনো
উইথখ্রে। ও! ভায়জবা, রারোবা, মুংসি ইথোস্ত তুমথখ্রে
অচিকপনা ঐবু কুইরবগী তুংদা
ফংজরতুনা হন্না মপামবোমন্নংদা
কোনসিল্লকালে লাকণ্ডমপ্রবা থম্মোয়গী জারদা
অচিকপগী অহাংবা চিনবাননা ঐগী অহিংবা
চিনবানদা সোকলকপদা তিনসিনখ্রে তেংবান
পুম্বা মঙোন্দা য়েংঙু কনানো য়াকাইররে
সকথঙদবা মালেম অমা, হাংদোকলকলে
থোংগান অমা খঙদবা, লপলরে কনানো
অমা, চরৈ কোকথুম্না মায়থোং লুকলপ তৌ।

## ঐগী সৈরেং

মীওইবনা অমুক্তা খোংদাখিদ্রিবা পুক্নীং উমংদা
ঐগী সৈরেংনা মঙাল সাথোরহনা নোংখোং কোয়রি
উমং অতুগী বাংমদা খুনাম লৈতবা লম্বীদা
থিরহনা চংলম্মী ঐগী লম্বী মায়কৈ থুংনা ।
চপ ওম্বা মকোয় নুংঙোল চীংগী চীংমায়দা
কারুই ঐগী থবায়না খোংথাং অমদগী খোংথাং
কুংলবা উরক্কী লম্বীমদা উরু উরু লৈ
হুমাং তুংথাং চোং অৱা হুইসোক লাং
মকোয় নুংঙোল চীংগী তামলবা চীংদোল তম
তাইবং কৈথেন বাংমা খমনুং কিকোয় লোওনবীগী
খমনুং সবাগা লমদম থোঙাক লাইরম্বীগী মমুমাং ।
উগুম উদগুম উরিবা অমুক্তা উথিদ্রিবা
পুক্নীং উমং ঐগী সৈরেংনা অনৌ লিক্লা ওই
থকলিনে চোংবদা ভায়রিবা উমংগী অনৌ য়েন্নিং
ইমা ইমা বাকমা মাইবী নুংসিবী চিংবীরো লম্বী
লৈচিল নোংক্লাইলক্ক' তাম্না উরিবা পম্বোগী কানখোং অথুপ্পা
থকলগে হন্না পলেমগী অচং খোয়াং খোয়থুম্নবা
য়োম্বীরো অসৈ চয়োম মথং মপোক লাংঙোনগী
মাঙদা লৈরে সন্দোক্নুনা মপান নাইত্রবা ময়াই কারবা পুন্সী ঈপাক
অৱা নুংঙায়গী লোইনাইদনা চেম্থরিবা তাইবং ছিগা লম্বী




হা হি হা হি হিও সমদে করেংঙা তরেংঙা
হি নওবু হোন্দেদা লৈইনিংথৌ লাইরেম্বীবু হোনবনি
হে থবায় মঙামক মিগা থানা 'তুরুকমক
থবায় নওবু কোনগে লাও বাকয়ে থক্লা কোমম্লগে
থবায় ঐনা য়ারকলে বাকয়ে হিবু হিগারকলে
চিংঙু কংলৈ মসুবাং মতমগী সম্বল বাংম
লৈতোং ঙাংঙাদা ঐগী সৈরেংনা কজেংলৈ লুহুপ্পা
মতম চুপ্পগী পুঙলোন্দা থেক থেক নৌগনৌ
হা হি হা হি হিও সমদে করেংঙা তরেংঙা
হি নওবু হোন্দেদা সৈরেং বাকয়ে হিবু হোনবনি
হা হি হা হি হিও সমদে করেংঙা তরেংঙা।

—লোয়রবা—

**মেমচৌবী**
**(থৌনাওজম চনু ইবেমহল)**
**পোকপা ঃ ১৯৫৫**

**ফোঙঋবা লাইরিকসিংঃ**

**নোংগৌবী** (*সৈরেং*) - ১৯৮৪
**অন্দ্রোগী মৈ** (*সৈরেং*) - ১৯৯০
*(ইং ১৯৯৫ দা থাইদেম প্রমোদিনী সনাগী মেদল ফংখ্রে*
**লৈতেং** (*য়ারী মচা*) - ১৯৯২
**সন্দ্রেম্বী চাইশ্রা** (*সৈরেং*) - ১৯৯৩
**ফৌ চরোং** (*সৈরেং*) - ১৯৯৫